# ꯄꯨꯝꯅꯃꯛꯇ ꯏꯁ꯭ꯕꯔ ꯂꯩ

# পূম্নমক্তা ঈশ্বর লৈ

আই এস অকোইজম




মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল

Pumnamakta Ishwor Lei
By: I.S. Akoijam

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৭

কপী মশীং ঃ ১০০০

অফোঙবা ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল

মমল ঃ ৮৫/-

লাইরিক ফংফম ঃ অইবা







নম্ফম ঃ কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোড, ইম্ফাল।

# অইবদগী

নুংশিৎপু উদে হায়দুনা নুংশিৎ লৈতে হায়বা য়াদে। মালেমগী মফম পূম্নমক্তা নুংশিৎ লৈ। মথক্তসু, মখাদসু অমসুং অকোয়বদসু নুংশিৎ লৈ। অদুম হায়না ঈশ্বরসু মফম খুদীংমক্তা লৈ। ঈশ্বরনা মফম খুদীংদা লৈবীরবসু ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু উবা ঙমদে। মহৈ য়াম্না হৈরবা অমদি থোপ য়াম্না ফরবা মীশক অমনা চহী কয়া কয়া চঙনা ঈশ্বরবু উজগে নৎত্রগা ফংগে হায়না কন্না হোৎনজরবসু পাক হেক্তা য়াবা নত্তে। ইবুংঙো মহাক্তি মওঙ নাইনা লৈতবনি। অদুবু মীওইবখক্তনা তত্তনা ধ্যান তৌরগা ইবুংঙো মহাকপু খঙবা ঙম্মী।

আত্মাগী শক্লোন লৌবীদুনা ঈশ্বরনা মীওইবদা লৈবীবখক্তা নত্তনা অতোপ্পা থৱায়-পানবা খুদীংমক্তসু লৈবী। অচুম্বা অসিবু খঙগে হায়রবদি অশেংবা থম্মোয় দরকার ওই। ধ্যান নংথিনা তৌরগা থম্মোয় শেংলকই। মপূংফাবা অশেংবগী ফীভম অদু ফংলক্লবা মীৎকূপ অদুদা ঈশ্বরনা মীওইবগী মাঙদা তশেং তশেংনা উৎপীরক্কনি। ঈশ্বর হায়বসিদি মীওইবদসু, শা-উচেক্তসু অমসুং তীল-কাঙদসু লৈ। কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বর কদাইদা লৈবগে হেক হংলকপা তারবদি মঙোন্দা ঈশ্বর লৈ হায়বদা করিসু কায়দে। অসিগুম্বা ৱাহংশিং অসিগী পাউখুমশিং ফংননবা মী কয়ানা ধ্যানগুম্বা ধর্মগী শাজেলশিং শানৈ।